মরুপকী ফোংপ্রবা লাইবীক

১।  কংলৈপাক—শকথঙ খুদম

(Manipur State Emblem)

রাইঃ—তম্ফাজাওগী

ফোঙপ্রবা লাইরিক

১।  মীতৈ লাই হরাওবগী রাঙউলোন

২।  মীতৈ থোৗরমগী রাঙউলোন

৩।  খেনচঙলোন

৪।  ঈয়েক ১৮গী রাঙউলোন

৫।  ঈয়েক ঈপী অহানবা

৬।  মীতৈ ঈয়েক মসক তাকপা

# ৱাকচীং চৈহোৱা

থিজিনবা

অমসুং

কোঙদোকপাঃ—মান্নবা অপুনবা মরুপ, ইম্ফাল

অনিশুবা খুৎনমঃ— লাইরিক মশিঙ ১০০০

সজিফু পালচা ৩৩৭৯

এপ্রিল খৃঃ ১৯৮১



মমল লুপা ২'৭৫

নম্ফম— স্বরাজ প্রিন্টিং প্রেস ইম্ফাল

# ৱাহৌদোক

ঐখোয়গী ঈপা ইপশিংগী মুৎসি-মুৎসি তারিবা খুনামগী খোঙ্গুল লীজতুনা ঈপা ইপুসিংনা থম্বীরম্বা লাইবীক-লাইন্নু পাওরো অমম্বুং মহৌসারোনগী ওইবা খুদম চাংদম কয়াবু মান্নবা অপুনবা মরুপ-না লসিংদা নপতুনা লৌখৎচরগা, মীতৈ ঐখোয়গী মাঙলুরবা চৈহৌবগী মরমদা মীয়াম্না নৈনবীনবা "ৱাকীচং চৈহৌবা" কৌবা লাইরিক মচা অসি মীয়ামগী মফমদা খুদোন তমজরি।

ঐখোয়না মতম চঙনা খিগৎচরকপদা ৱাকচীং থাদা ঈপা ঈপু-সিংনা চহী হৌরম্বগী খুদম ফংলে। ৱাকচীং থা হায়বা অসীদা মরু ওইবা ৱাফম, থৌরম কয়ামুক খুদম চাংদম পিতুনা থম্বীরম্মী। ৱাকচীদা নোং চুপ্রবদি লৈবাক অতু থাদোকতুনা চৎলো, ৱাক-চীংদা য়ুম সাহৈদে, ৱাকচীংদা কৈদগী ফৌ খাইহৈদে, য়ুম মনা সিনহৈদে অসীনচিংবা ৱাফম কয়া থম্বীরল্লিবা অসিনা তাকপদি— ৱাকচীং থানা চৈহৌবা থা ওইবনা মরু ওইবা ৱাফমশিং থম্বীরম্বনি হায়না লৌই। অতুগা অহিং লিকলা তাকুবী, তুংথিল লিক্লা কংদবী লৈহুংগী লিক্লা পিয়াইনু ইমা লৈমরেল সিদবীগী সাইওন ওইবী, লল্লেমা ওইরীবী, ঈমা ঈমোইনুগী থৌরমম্নু ৱাকচীং থাদা তৌনরী। ৱাকচীং উলনা কেয়্নবা মালেমদগী নোং চীংখৎতুনা নোং তারি, ৱাকচীংদা তাবা নোংবু হী-য়াই পুবা নোংলেল হীনি হায়তুনা হকচাংদা মরিক অমতং তাহন্নবা অহন লমম্না তৌনরি।

নোংলেল মাবু কুমছো নোং হায়না সৈথানৈ. ৱাকচীংগী নোংলেল হীনা উলগী হু পুন্নমক কোকথোক চান্নথোকতুনা কুম অমগী মহয় মরোং চুমহল্লি। অমনা ৱাকচীংগী থানিন (পুনিমা) হুমীত্তা সুমাঙ-দা অচুব্বা চৈ অমা য়ুংলগা চৈ অত্তুদা থাগী মঙাল্লা য়ৈবদা তারিবা চৈগী মরুম অত্তু য়েংহুনা লাইহুম (উত্তরায়ন) য়েংনরম্মী, মসীনা মতমগী য়াওন থঙলম্মী। হুমীৎনা লাইয়ুমদা লৈখৎলকপদা মীতৈনা চহী হোৌরম্মী হায়বা অসীনি। অত্তুগা ফাইরেল ৪ নি পালবদা লৌত্তাবা থৌরম তৌরিবা অসী ৱাকচীংদা চহী হৌথীবনা লৌত্তাবা থৌরম তৌরীবনী। অত্তুগা লমত্তাগী থাঙজ অহানবদা লমলাই সারোই থাঙিবা অসিম্নু ৱাকচীংদা চহী হৌগ্রবনা লম্লাই সারোই থাঙিবনি। সারোই থাঙবা মতমদা কুমসি কুমগী অনা-অয়েক, ফত্ত হৌদি পুন্নমক হাওরৈ থানা পাংবা লম, ৱাংপুলেল থানা চাওবা সিদবগী মকাইফমদা পাম্ব কৈরেল মপী মচানা মথা ফাক্লা ঙাইরিবা মফমদা হোইথবীয়ু হায়না লাইনিংথৌদা থৌনিজৈ। ৱাফম অসিনা তাকপদী—কুমসি কুমগী হায়বা ৱাহৈ অসীনা কুম হৌথরে· হায়বা তাক্লবনি। অমনা সাজিফুগী ৭ নি পালবদা কংলা লৈথোঙ ফাৎপা (ঙসিনা কোংবা লৈথোঙ ফাৎপা) হায়তুনা তৌরিবা থৌরম অসিদা লৈরম্বা পোৎসক তীন-কাঙ অত্তুগী মতুংইন্না কুম অত্তুগী মহয় (ফল) থঙনৈ। মসীনা তাকপদি—কুম অমগী মহয় থঙনবা য়েংবসি সাজিফু ৭নি পালবা অসীনা অরোইবনি।

মান্নবা অপুনবা মরুপ

# মীতৈ চৈহৌবগী মরমদা থিজিনবা

মীতৈ ঐখোয়না বেঙ্গোলিগী চড়ক পুজা (চহী লোইবা) হুমিত্তা চৈরাওবা হায়দুনা চহী থুদিংগী তৌনরি। হায়রিবা চৈরাওবা হায়বা থৌরম অসি মীতৈগী নিংসিং থৌরম অমরা? নত্রগা চুমনগী কুমহৈ মখল অমরা হায়বা রাখল লাম্বা কংদনা লাকই। মরমদি বেঙ্গোলীগী চড়ক পুজা হায়রিবা অসিদি চহী লোইবা হুমিৎনি, চহী হৌবদি এপ্রিলগী ১৩ দা চহী লোইরগনা এপ্রিল তাং ১৪ দা চহী হৌদুনা বেঙ্গোলী তাং ১ হায়না অনৌবা চহী পাবা হৌই। অমনা লিপইয়ার লৈবা চহীদনা এপ্রিলগী তাং ১৪ দা চহী লোইবা=চড়ক পুজা ওইরগনা এপ্রিলগী তাং ১৫ দা চহী হৌদুনা তাং ১ হায়না অনৌবা চহী পাবা হৌই। মাতৈ ঐখোয়না বেঙ্গোলীগী চড়ক পুজা তাবা-তাবদা তান্নদুনা চৈরাওরি, অঙক-পদি মীতৈগী ওইবা তারিখ নত্রগা শোক অমা লৈবস্মু নত্তনা বেঙ্গো-লীগী চড়ক পুজা অসি ঐখোয়গীনি হায়জিনবা অসিনী। হমনা করি থুংহোওা পারগা বেঙ্গোলীগী চড়ক পুজাদা তারিবলো হায়না হংলকপদা খুম্নিংঙাই পাঙ্গল অমত্রা লৈতে। অদুগী সরুকপুদি ইচম চম্মা, ইচুম চুম্মা মীগী ধর্ম্ম তাংদুনা চংলুবনা বেঙ্গোলীগী চড়ক পুজাদা বেঙ্গোলীশিংস্মু চহী হৌরম্লে হায়দুনা তৌবনি হায়না থুম্বনা অচুম্বা পাওখুম ওইগনি। মীগী তংবনি হায়নি দনা খঙন খঙনা মীনম্বনা ঐগী মাঙজবা হায়বা অসী মশানা তাঙবানি।

অদুগা বেঙ্গোলীগী চড়ক পুজা হায়বা অসি শজিফুগী পালখংলকপদা, থাসিরমদাইদা অমসুং থাশি হুমিত্তম্ম তাই। করি- গুম্বা থাদা শজিফুগী থাশি হুমিত্তা চড়ক পুজা তারবদি কালেনগী নোংমা পালবদা বেঙ্গোলীগী পোইলা বৈশাখ হায়না চহী হৌই অমনা করিগুম্বা চহীদা সাজিফুগী থাসিগা নোংমা পালবগা তাবা হুমিত্তা চড়ক পুজা তারবাদ কালেনগী ১ নি পালবদা পোইলা বৈশাখ হায়না চহী হৌবা তারে, মাগুদা কয়ারকম্ব থোকপ্রবনি। অদুনাদি বেঙ্গোলানা সাজিফু বৈশাখ থাদা চহী হৌই হায়বা মুকয়া য়াম্রে। অমনা হিন্দি লোনবা হিন্দুসিংনা খৃঃ ইরাগী মার্চ্চগী তাং ২১, লিপইয়াব লৈরগ ২২ দা চহী হৌই। মসীমু লমতা থাগী পালখংলকপদা, থাযদা, থাসিরমদাইদা, থাসিদা অমসুং থাসিগা নোংমা পালবগা তাবা • মিত্তা চহি লোইবা হুমিৎ ত ব য়াওই। মমাঙদা কাযখিবগুম থাসি হুমিত্তা চহী লোইবা হুমৎ তারবদি সজীফুগী নোংমা পালবা নত্রগা ২ নি পালবদা পোইলা চৈত্র হায়না অনৌবা চহী হৌই। অদুনদি হিন্দুসিংমা চৈত্র=লমতা থাদা চহী হৌই হায়বা অসী মুকয়া য়াম্রে।

অদুবু-হিন্দু অমসুং বেঙ্গোলীগী সৌর মাস (হুমিৎকী থা) গৌন মাস (থাগী থা) হায়বা অমা লৈবনা সৌর মাসতা লৌদুনা হিন্দুগী পোইলা চৈত্র অমসুং বেঙ্গোলীগী পোইলা বৈশাখ হায়না লৌখিবনা অকায়বা লৈতে। হায়বদি সোলব ইয়ায়দা চহী লৌখিবনা থাগী চৈত্র, থাগী বৈশাখ হেনপ্রবম হুমিৎকী থাদা লৌ- বনা অকায়বা লৈতে। মীতৈগীদি বেঙ্গোলীগী চড়ক পুজা হুমিত্তা

চৈরাওবা চৎনরগা বেঙ্গোলীগী সন চৎনদে হিন্দুগী শকাব্দ চৎনরম্মী মসীনা ভাকপদি মীতৈ হায়বা ফুরুপ অসী ভংথায় সিরবা ফুরুপ অমনি হায়বা ময়েক সেংলে।

অসিগুম্বা অরাবা অসি কোক্লনবগী পান্থৈ অমল্লা সাজিফুগী নোংমা পালবদা চৈরাওবা হায়বা অমা খৃষ্টাব্দ ১০৬৭-৬৮ অহু-রাইদা চৎনবা হৌরকই অসীমক ঐখোয়গী অহেংবা ওইরম্লে হায়না কন্না হরাওলুই। অহুবু মতম কুইনা হরাওবা য়াম্বিদে মরমদি থাগী চহী অমদি চুম্নিং ৩৫৪ গা পুং ৮ মিনিট ৪৮ সেকেণ্ড ৩৪ থকুনি। অহুনদি মীতৈ ঐখোয়মিবু চুম্নিং ৩৫৪ না চহী অমনি হায়বা য়ারব্রা হায়না য়েংঙবা মতমদা চুম্নিং ৩৫৪ না চহী অমা সাই হায়বা শুমবগী লৈয়েং খংপা থোক্তে। সম্না হায়রবদা থাবাম্দা চৈরাওবা হায়বসিমক্তবু নোংমা পালবা ওইগে ওইয়ু, ১০ নি পালবা ওইগে ওইয়ু স্তকয়া য়াদে। মমবদি করিগুম্বা চহীদা থাসিগা নোংমা পালবগা ভাবা য়াওই, নোংমা পালবগা ২নি পালবগা ভাবা য়াওই, অমম্নুং ১০ গা ১১ নিগা পালবা য়াওই। মরম অহুনা থাসিগা নোংমা পালবগা ভাব নোংমগা ২ নিগা পালমা ত রবদি নোংমা পালবা হায়বগী রাহম্বোক মাঙল্লে। অহুগা ১০ পালবদা ওইরবমু ১০ গা ১১ গা পালবা চুমিত্তা চৈরাওবা ভারবদি ১০নি পালবদা চৈরাওই হায়বগী রাহম্বোক মাঙল্লে।

মসীভম্নু নত্তনা থাগী থাবাম্দা চৈহোবা নম্রগা চৈরাওবা হায়বা অসিগী রাকায় য়াম্না লৈত্রে। মথাদি চহী অমা হায়বা

আস চাওরাক্লা সুমিং ৩৬৫ গা পুঙ ৫ মিনিট ৪৮ সেকেণ্ড ৪৭ নি হায়বা অসি মালেম্ন য়ানরবা ৱাফম্নি। অদুনা থাগী চহীনা সুমিংকী চহীদগী সুমিং ১১ রোম পুথৈ, পুথরিবা সুমীং অদু মেনখৎনবগীদমক্তা সুমিংকী চহী (সোলর ইয়ার)অহুমদা. ৬ তঃ ৮ দা থা ফাইহুনা (মলমাস) থা ১৩ সাবা চহী অদুদি সুমিং ৩৮৩ নত্রগা ৩৮৪ না শাবা চহী ওইগনি। অদু ওইরবদি চহী অমগী সুমিং বয়ানিনে হায়না হংবা ডারবদি সুমিং ৩১৪ নি হায়না খুগ্না য়াত্রে। মরম অসিনা থাগী চহীদ চৈহৌবা যাদে হাযবা অসি ককপা য়াত্রবা ৱাফম্নি থোক্লিবা থাগী মমিং চৈজাবনি, সুমিংকী চহী অমগী থা ১২ গী মমিংদা থোক্লিবা থানা মমিং তাংজবনি। মদুগী পান্দমদি (প্রমান' থা ফাইবা (মলমাস) হায়বা অসিনা চেলবা য়াত্রবনি।

অসিগুম্বা ৱাফমশিং হন্থরগা ঐথোয়গী চৈহৌবা লৈত্রা লৈতত্রা হায়বা থিবগী তঙাই ফদবা ওইবকপদগী থিবা হৌরকখী। অহানবা ৱাকোক্লোন থিংেল সলাই অমাইলোন পুকোক থেংনখি। পুয়া অহুদা অমুনা হায়ার কলিপাংরচা মহালাচা হাকথুক কাওপতা চৈহী কুমসিঙ লী চৈসিঙ চৈচৎ ৩১০৭ সুলপনে' অমনা ৱাকোকলোন হাংলেল খিংলেল সলাই অমাইলোন পুকোক" থেংনখি। পুয়া অহুনা অমুন্না হায়রি। 'পুয়া আস নিংথেম পামহৈপা হাকথুক ফাউপতা মলিয়াকম পালচা চৈহী কুমসিঙ, লী চৈসিঙ চৈচৎ ৩১০৭ সুলপনে" হায়না থেংনখি। হায়রিবা ৱাফমসী থেংনবদা ঐথোয়গী কুমসিঙ অমা লৈরে হন্থরগী

হরাওবা ফাউখি। অরাবদি করি থাদগী চৈচৎ ১ থা ১ কুমশিঙ ১(১-১-১) হায়না হৌখিবগে হায়বা থা অদু থিবনি; অদুবু "রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোকতা অমুম্না হায়—মলিয়াফম পালচানা ইংঙা কুমতম ইংঙেল কুমথাই মতম লৌদুনা মসিতকী কুমচৎ সিঙথালোন, লাইলি লাইচৎ, নুমীৎ থাসিঙ চৈহী চৈচৎ হৌহনখিয়ে" হায়বা রাহয় অসি থেংনখি।

রাফম অসিগা খর খেম্লনা "রাকোকলোন হীলেল থিলেল সালাই অমাইলোন পুকোক" তা অমুম্না হায়— "মলিয়াফম পালচাপু ঈংঙা কুমতম ইংঙেল কুমথাই মতম লৌদুনা মাসীত-কা কুমচৎ সিঙথালোন, লাইলী লাইচৎ নুমীৎ থাসিঙ চৈহী চৈচৎ হৌহনখিয়ে" হায়না রাফম অনি অসিদা মালিয়াফম পাল-চানা হায়বা অসিনা পালচানা চৈহী হৌখোকপগী রাহম্বোক ফংই অদুগা পালচাপু হায়বা অসিনা পালচা লৈখিদ্রবা মতুংদা পালচাগী মমিং লৌদুনা মীতৈ কুমসিঙগী মমিং থোলখিবগী রাফম ওইনা রাহম্বোক ফংই। রাফম অসি মীয়ামদা নৈনবীনবা থমজরে। ঈঙা কুমদম ঈংঙেল কুমথাই হায়বা অসিদগী লংজিন খর-মথৈদি ফংবা ঙমলে। মদুদি রাকচীংদগী ঈঙা ফাওবা থা ৬ পু কুমদম থা, ইংঙেলদগী পোইনু ফাউবা থা ৬ পু কুমথাই থা হায়বনি।

মসিগী লেঙদ্রবা থুদম অমনা ইপা ঈপুশিংনা রাকচীংগী থানিন (পুনিমা) নুমিত্তা অচুম্বা চৈ অমা যুংলগা চৈ অদুদা থাগী মঙান্না য়ৈবদা তাবা মরুম অদু য়েংনরম্মী। মসিবু লাইমুম (উত্তরায়ন) য়েংবা হায়না খঙনবম্মী। চৈ অদুদা থাগী মঙান্না

মৈবদা নহানমথৈ চৈগী মমি-মরুম অহু সম্মোগুদা তারম্বদগী মাক-চীংগী থানিন চুমিত্তুদি সম্মোগু অমদি নোংচুপকী মরক লীকলমদা চৈগী মমি তাই। মসিবু লাইযুম (উত্তরায়ন) ওইরে হায়না খণ্ড-নরম্মী। অহুগা মথক্তা তৌথিবগুম্না ঈংঙেল থাগী থানিল চুমিত্তা চৈগী মরুম য়েংহুনা খাযুম (দক্ষিনায়ন) য়েংবা হায়হুনা য়েংনরম্মী। মহুদা নহাল্ মথৈ চৈগী মমি মরুম অহু কৌক্র অমদি নোংচুপ অনিগী মরক লীক্রমদা চৈগী মরুম তাই, মসিবু খাযুম (দক্ষি-নায়ন) চগুলে হায়না খণ্ডনরম্মী। মসিনা ঈংঙা বুমদম ঈংঙেল্ কুমথাই অহু অমকপা লৈত্তমা মীয়ামদা মাহম্মোক উৎল্লে, অহুনা মাকচীং থানা থা ১২ গী মকোক্লি হায়বা. অসীমদি চেমবা য়াত্রবা মাকম্নি। অমনা চৈহৌথিবা চুমিংশু নোংমায়চীং চুমিংতগী চৈচৎ ১-১-১ পালচা হায়না হৌখি হায়বা লণ্ডজিন কংলে।

অহুবু চৈহী অমা হায়বা অসী চুমিং কয়ানিনা সাবগে হায়বা অকক্লবা চুমিং মসিঙ কংখিদে। অম্মুম তৌনা চুমিং মসিঙ ফংদহুনা চুংবগুননা মতম কয়া লৈরবগী তুংদা ল্যাই-নিংথৌ পুথিবগী মমোম সৌবোম লাইরেম্বী হায়বা রারী অহু থেংনখি। রারী অহুদা অম্মুম্না হায়রি সৌবোম লাইরেম্বীগী মনাও চুপী থোংনাং লৈমনা মচে অমদি মপাবুং কায়নবগী কপ-ল্যাওখি। মহুদা চুমিংনা থোংনাং লৈমবু পাউথেমখি। চুংকাং নিংথৌ চুংকাং লৈমা অনি পান্নবদগী নোং খোংবগুম কপ লাও-বদগী মরুম ৭ কোক্লে, মরুম ৭ না মচা ৩০ পোক্লে মচা ৩০

না মরুম ১২ কোকলে, মরুম ১২ না মচা অমা ওনখ্রে, মসীবু অমা হায়রা কৌথরে। অমগী মমাদি ১২নি মনা ৩৬৫ নি, নায়োন্না ৪ নি অসিনি।

য়াকম অসিনা তাকপদি হুমিৎ ৭ নিনা চৈওন অমা হুমিৎ ৩০ নিনা থা অমা, থা ১২ না চৈহী অমা হায়বনি। অমনা ময়োন মরি হায়বসীনা চহী মরিদা হুংকাং (লিপইয়ায়) নোংমা লৈগনি হায়বনি। মসিনা তাকপদি হুমিৎ ৩৬৫ দা পুঙ মচেৎ খর চেন্নরি হায়বা অসিনি। মহুদি চৈহী অমা হায়বা অসী হুমীৎ ৩৬৫ গা পুঙ ৫ মিনিট ৪৮ সেকেণ্ড ৪৭ নি।

অহুগা লাইনিংহন নাওরিয়া ইবুঙোনা ইবীরস্বা "অহল য়াথং" কৌবা লাইরিক অহুদা লাইওন ১০ হায়বা মতাং অমা য়াওরি মতাং অহুদা অমুন্না হায়রি।

থুরুমজে অপোকপা
লাইনিংথৌ য়াইফবা
নওংনা নত্তোনা
তেংবানবা ওইরিবা?
নমতা-থা ওইথনা
থারম লাই কাউরক্লে;
ঙরীগী উপালগী
নানোসু হুল্লকলে।
মপুগী য়াথংনা
লৈরাংসু শাংথরে।

লৈরাংগী ময়োম্দি
নাওবীক্তম ওইখ্রে ;
ইবুঙো লাইনিংথৌ
নয়াথং চুখরে
অপোকপা মপারেল
খুদম্বু-ফাউরকলে ।

মথক্কী রাফম অসিনা তাকপদি—লমতা থানা সাইওন ১-গী অহানবা থানি হায়বনি । অতুনদি ঈপাদা লৈবা থা ২ অহুদী রাক-চীং ফাইরেল থানি হায়বনি । মসিনা মীতৈ ঐখোয়গী চৈহৌ প্পাদি রাকচীং শানি হায়বা অসী তশেংনা তাকলে ।

অদুগা রাকোকলোন হীলেল খিলেল সাল্লাই অমাইলোন পুকোক সিম্বোকপা চাওবনা হ'য়রম্মী "রাকচীংগী কুমহৌ অহানবা হুমিৎতগী সিম্বোকপা হৌবনা হুমিৎ ১৫ নি চঙনা রাকচীংগী থানিনদা লোইয়ে" হ য়না । মসিনা তাকপদি থাগী থা (লূনর মন্থ) রাকচীং নোংমা পালবদা হুমিৎকী চৈহীগী চৈচৎ অমা তাবা হুমিৎতা পুয়া সিম্বোকখিবনি হায়বা থঙলে । মসিনা রাকচীং থা হায়বা অসি মীতৈ ঐখোয়গী কুমহৌ (চৈহৌ) থানি হায়না অসিনবনা তুংগী মচা মশু ওইবা ঐখোয়দা খঙননবা থম্মীরম্বা রাফম্নি ।

রাফম অসীনা ঐখোয়গী থিবা লোইহ্রি, মীতৈপা নরুবা ংশ্ব অতোপ্পগী মখা পোস্ত্রিবা মীতৈ অসেবা ওইনা লৈরিবা চীংমী

ঈচৌল ঈনাওশিংগী অহৌবা থা করিনো হায়বা থিবা হেল্লোখ। অন্নুম্না থিরকপদা চৌংমী পুন্নমক রাকচৌং থানা থাসিঙ থীবগী অহৌবা থা মমিং ওইনা ঙসি ফাউবা থীবা থেংনৈ, থীরি। চৌংমী শিংগী থা মমিং মখাদা পীজরি।

নোংঙা কোইরে গী থা মমিং

| কোইরেংলোল | মীতৈলোল |
|---|---|
| ১। উনপী | ১। রাকচৌং |
| ২। চাইপী | ২। ফাইরেল |
| ৩। মেরতুন | ৩। লমতা |
| ৪। ফুরপা | ৪। সজিবু |
| ৫। দৈপা | ৫। কালেন |
| ৬। থামুর | ৬। ঈংঙা |
| ৭। জিংপী | ৭। ঈঙেল |
| ৮। থারম | ৮। থৌরান |
| ৯। এরথা | ৯। লাংবল |
| ১০। থাফন | ১০। মেরা |
| ১১। বীরীপ | ১১। হিয়াঙকৈ |
| ১২। তোলবোল | ১২। পোইনু |

মাও ইষ্ট (পোনমাই) গী থা মমিং

| মাওলোল | মীতৈলোল |
|---|---|
| ১। থরনো | রাকচৌং |
| ২। সুপা | ফাইরেল |

| | | |
|---|---|---|
| ৩। | রৌপা | লমতা |
| ৪। | খোনো | সজিফু |
| ৫। | থানা | কালেন |
| ৬। | জঅ | ঈংঙা |
| ৭। | লাও | ইঙেল |
| ৮। | লাই | থৌরান |
| ৯। | নে | লাংবল |
| ১০। | জলোপো | মেরা |
| ১১। | বাওলৌ | হিয়াঙকৈ |
| ১২। | তোনোখৌ | পোইনু |

নোর্থ উত্তর নগী থা মমিং

| তাংখুললোল | | মীতৈলোন |
|---|---|---|
| ১। | য়ু-হেল | রাকচীং |
| ২। | লৌচ-হেল | ফাইলেল |
| ৩। | মংখা-হেল | লমত |
| ৪। | সীংথা-হেল | সাজিফু |
| ৫। | খোটাখনা-হেল | কালেন |
| ৬। | খোঙমুনে-হেল | ঈংঙা |
| ৭। | রিসে-হেল | ঈংঙেল |
| ৮। | রোম্রেহেল | থৌরান |
| ৯। | মেতু-হেল | লাংবল |
| ১০। | জিলসোয়-হেল | মেরা |

| | | |
|---|---|---|
| ১১। | নোঙ্গংঙে-হেন্ন | হীয়াঙৈকে |
| ১২। | লুখুয়াই-হেন্ন | পোইন্থু |

উগ্র ল টাঙ্গনগী থা মমিং

| তাংখুল লোল | | মীতৈ লোল |
|---|---|---|
| ১। | খারাও | য়াকচীং |
| ২ | মরুন | ফাইলেল |
| ৩। | মেয়ো | লমতা |
| ৪। | থায়িং | সাজিফু |
| ৫। | খরম | কালেন |
| ৬। | মাখা | ঈংগা |
| ৭। | মরাং | ঈংঙেন |
| ৮। | ফৈ | থয়ান |
| ৯। | পি | লাংবন |
| ১০। | ডাথরাহ | মেরা |
| ১১। | ঙাফৈ | হীয়াঙগৈ |
| ১২। | খয়োন | পোইন্থু |

কোম কাংলুপকী থা মমিং

| কোম লোল | | মীতৈ লোল |
|---|---|---|
| ১। | ভবে | য়াকচীং |
| ২। | মবি | ফাইলেল |
| ৩। | মুতাই | লুমতা |

| | | |
|---|---|---|
| ৪। | মরতুন | সাজিফু |
| ৫। | ফুরবা | কালেন |
| ৬। | দোইপা | ঈংঙা |
| ৭। | চিংপুই | ঈংঙেল |
| ৮। | খরুম | থৌরান |
| ৯। | মুরুবা | লাংবল |
| ১০। | ঈরুথা | মেরা |
| ১১। | ফেবা | হীয়াঙকৈ |
| ১২। | বিবা | পোয়ইহু |

মাও ইঙ্কী থা মমিং

| | | |
|---|---|---|
| মাও লোজ | | মীতৈলোল |
| ১। | দোনি | রাকচীং |
| ২। | থৌনি | ফাইরেল |
| ৩। | রৌপেয়া | লমতা |
| ৪। | স্বপেয়া | সাজিফু |
| ৫। | বালোকা | কালেন |
| ৬। | থ্রনা | ইঙা |
| ৭। | লুসে | ঈঙেল |
| ৮। | মৌজ | থৌরাল |
| ৯। | লাওনি | লাংবল |
| ১০। | নেথ্র | মেরা |
| ১১। | রুপকে | হীয়াঙকৈ |
| ১২। | চহু | ক্লোইহু |

## মন্নিংগী থা মমিং

| মন্নিং লোল | | মীতৈলোল |
|---|---|---|
| ১। | মত্রাও | ম্রাকচীং |
| ২। | কইং | ফাইরেল |
| ৩। | মথুই | লমতা |
| ৪ | থরম | সজিফু |
| ৫। | তুংথয়াং | কালেন |
| ৬। | তংমামো | ঈঙা |
| ৭। | থুনমা | ঈঙেল |
| ৮। | কৈথাম | থৌরান |
| ৯। | য়ল্‌ংকসি | লাংবন |
| ১০। | য়লাংপুই | মেরা |
| ১১। | তোলবোল | হীয়াঙকৈ |
| ১২। | মমুন | পোইন্থু |

## রিসোফুং সাউথ তাংখুলগী থা মমিং

| তাংখুল লোল | | মীতৈলোল |
|---|---|---|
| ১। | লোগো | ম্রাকচীং |
| ২। | খেবুয়া | ফাইরেল |
| ৩। | চমন | লমতা |
| ৪। | মু | সজিফু |
| ৫। | ম:চ | কালেল |

| | | |
|---|---|---|
| ৬। | ঙথু | ঈঙা |
| ৭। | খরম | ঈঙেল |
| ৮। | সিতেয়া | থোরান |
| ৯। | সিপু | লাংবল |
| ১০। | কদে | মেরা |
| ১১। | কুকী | হীয়াঙকৈ |
| ১২। | সিত্রেনে | পোইন্থু |

জো-কাঙলুপকী থা মমিং

| জো- লোল | | মীতৈ লোল |
|---|---|---|
| ১। | গাংপী | রাকচীং |
| ২। | ফুমহা | ক'ইরেল |
| ৩। | দৌতা | লমতা |
| ৪। | দৌপী | সাজীবু |
| ৫। | জিংতা | কালেন |
| ৬। | মুয়াহা | ঈঙা |
| ৭। | হলাহ | ঈঙেল |
| ৮। | সেউগোল | থরান |
| ৯। | নৌতা | লাংবন |
| ১০। | নৌপী | মেরা |
| ১১। | কাউপি | হীয়াঙকৈ |
| ১২। | অলহা | পোইন্থু |

## অনানগী থা মমিং

| অনানলোল | | মীতৈলোল |
|---|---|---|
| ১। | ফালবা | রাকচীং |
| ২। | অউল | ফাইলেল |
| ৩। | অনি | লমতা |
| ৪। | পতে | সাজিফু |
| ৫। | পহুন | কালেন |
| ৬। | চোফোল | ঈংঙা |
| ৭। | অমুর | ঈংঙেল |
| ৮। | জোংথা | থৌরান |
| ৯। | জোংপী | লাংবল |
| ১০। | অরম | মেরা |
| ১১। | পতাং | হীয়াঙকৈ |
| ১২ | তোলবোল | পোইহু |

## লীয়াং নাগাগী থা মমিং

| লীয়াং নাগা লোল | | মীতৈ লোল |
|---|---|---|
| ১। | চাপম | রাকচীং |
| ২। | কেরে | ফাইরেল |
| ৩। | কনাহ | লমতা |
| ৪। | কজিং | সাজিফু |
| ৫। | করাম | কালেন |
| ৬। | কফি | ঈঙা |
| ৭। | মবুম | ঈঙেল |
| ৮। | নথম্ব | থৌরান |

| | | |
|---|---|---|
| ৯। | ঙিনহ | লাংবল |
| ১০। | চগা | মেয়া |
| ১১। | মতুইংগী | হীয়াঙকৈ |
| ১১। | চকেক | পোইহু |

কুকিগী থা মমিং

| | কুকি লোল | মীতৈ লোল |
|---|---|---|
| ১। | ভোলবোল | রাকচীং |
| ২। | বুলভে | কাইরেল |
| ৩। | থাকাও | লমতা |
| ৪। | থা তুন | সাজিফু |
| ৫। | থাকুল | কালেন |
| ৬। | থাদো | ঈংগা |
| ৭। | থামুল | ঈংঙেল |
| ৮। | থাজিং | থরান |
| ৯। | থালম | লাংবল |
| ১০। | ইলথা | মেঁয়া |
| ১১। | কালথা | হীয়াঙকৈ |
| ১২। | ওলথা | পোইহু |

মারগী থা মমিং

| | মার লোল | মীতৈ লোল |
|---|---|---|
| ১। | ভোলবোল | রাকচীং |
| ২। | থাবুল | কাইরেল |

## মারগী থা মমিং

| মার লোল | | মীতৈলোন |
|---|---|---|
| ১। | ভোলবোল | য়াকচীং |
| ২। | থাবুল | ফাইরেল |
| ৩। | থাভাউ | লমতা |
| ৪। | থাতুন | সাজিবু |
| ৫। | থাদো | কালেন |
| ৬। | থাকুয় | ঈঙা |
| ৭। | থাহমুর | ঈঙেন |
| ৮। | থাজিং | থৌরান |
| ৯। | থারাম | লাংবন |
| ১০। | চঙের | মেরা |
| ১১। | থাফল | হীয়াঙকৈ |
| ১২। | মিমতুক | পোইনু |

## তম্পাক কবুইগী থা মমিং

| কবুই লোল | | মীতৈ লোন |
|---|---|---|
| ১। | চাগাবু | য়াকচীং |
| ২। | নপফুনকৈ বু | ফাইলেল |
| ৩। | লাওফুলতুন বু | লমতা |
| ৪। | দিহকপ-বু | সাজিফু |
| ৫। | তুনকাপ-বু | কালেন |
| ৬। | নপথনতু বু | ঈংঙা |

৭। পুকফাদাই-বু ঈংঙেল
৮। লোদাইভাই বু থরান
৯। নপসি-বু লাংবল
১০। বালতাব-বু মেরা
১১। গান-ঙাই বু হীয়াঙগৈ
১২। চকাক বু পোইন্নু

অন্নুম ভোনা মীতৈ চীংমীশিংনা রাকচীংনা থা মমিং অহোবা ওইনা থীরগা মাতৈ তম্মীনা সজিবুনা থা মমিং অহোবা ওইনা মমিঙ থিরমগদবগী মরম ফংদে। মীতৈ তম্মনা হিন্দুনাইজ ভোখি-ভৈদগী সাজিফুদগী থা মশিঙ থীবা হোখিবনি হায়বদা চিংনকম লৈত্রবনি। চৈহী চা কুয়ামীতৈনা হিন্দুনাইজ ওইনা হি লক্লবনা ঐখোয়গী অসেংবা শক্তম, থৌনম-ঈরম পুন্নমক মাঙখিবা হায়বা অসি মসানা তাবনি। মরম অদুনা ঐখোয়না মরম কুপ্পা থিজিলহো-দুনা মাঙথ্রবা ঈপোৎ-ঈরল ফংনবা হোৎনবা হায়ব অসি মসানা লেঙবা য়াদ্রবনি। ঐখোয়না অপুপ্পা মীংয়েং থমসি—রাকচীংদা কুমহো নোং চুই ফাইরেলদা কুম তম্মী, লমতা থাঙজা অহানবদা সারোই থাঙই। সারোই খাঙবা মতমদা কুমশি কুমগী অনা-অয়েক; তীনমু-লাইমু ফত্তবা পুন্নমক হৌরে মথা পাংবা কম, রাংব্রেন খানা চাওবা মকাইফমদা পাম্বা কৈরেল মপী মচানা ময়া ফাক্লা ঙাইরিবা মফমদা হোইথবিয়ু হায়না শারোই খাঙনৈ। কুমসি কুমগী হায়বা রাহয় অসিনা কুম হৌখরে হায়বা তাক্লবনি, অদুনা রাকচীংনা কুম হোই হায়বদা চিংনিঙাই করিস্সু লৈত্রে। অদুগা সাজিফুগী নোংমা পালবদা লাই খুন্দিন লালুপ হায়দুনা

লাইনিংথৌ সনামহী ঈবুঙোগী মফমদা হয়রাং পুঙগোই থেল, লৈরাং লৈরক লৈকা থেংলনা হুঙাই য়াইফ পীনবীয়ু হায়না ঙোরিবা লাইথৌ অসিস্থু চৈহী হৌগ্রে তাক্লবনি। সাজিফু হায়বা থা অসি সাইওন ১০ গী মতুং ইন্না পলেম পীপুকমুংদা লৈবা অনি শুবা থানি। সাজিফু থাগী নোংমা পাল্লবা হুমিত্তা মপুনা সাজিফু 'লৈথুনভৌ, মিরেল পাপোৎ লোনথীবা হুমিংনি হায়না রাঙউবা (ফিলোসোফর) ইপা ইপুশিংনা সুংগী থৌওং অহু উননবা পান্দা' তৌবা থৌরমনি। থৌরায় মিরেল সিংদবা লাইনা নৌরা অঙাঙগী লুরায় লেলফুদা লৈথুন হুৎতুনা চঙপ্রগা নৌরা অঙাঙগী য়াইফনবা মপুনা লাল্লুপ পুই হায়বগী লাই খুন্দিন লাল্লুপ হায়না শৈথানবনি।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | রাকচীং | চৈচৎ | (তাং) | ৩১ |
| ২। | ফাইরেল | ,, | ,, | ২৯ |
| ৩। | লমতা | ,, | ,, | ৩১ |
| ৪। | সাজিফু | ,, | ,, | ৩০ |
| ৫। | কালেন | ,, | ,, | ৩১ |
| ৬। | ঈঙা | | ,, | ৩০ |
| ৭। | ঈঙেন | ,, | ,, | ৩১ |
| ৮। | থৌরান | ,, | ,, | ৩০ |
| ৯। | লাংবন | ,, | ,, | ৩১ |
| ১০। | মেরা | ,, | ,, | ৩০ |
| ১১। | হীয়াঙকৈ | ,, | ,, | ৩১ |
| ১২। | পোইন্থু | ,, | ,, | ৩০ |

হুমিং ৩৬৫

মথক্কী থাপালোন (কেলেণ্ডর) গী শক্তম অসিদা মীৎয়েং থম্মীসী, থা/থাগী চৈচৎ (ভাং) লৌজরিবা অসি সারোই (সা— হকচাংগা লৌইনবা মতম' ৬১ অহুদগী লৌবনি। থা ২/২ না থাপী (ঋতু) অমা শাই, থাপী অমগী হুমিৎ ৬১ বু সারোই ৬১ কৌই। চৈহী অমগী থাপী ৬ না চৈহী অমনি। হুমিৎকী (শোলর মনথ ২না মালেমদা মহয় পী হায়বগী থাপী কৌই থাপী অমগী হুমিৎ মসিঙ ৬১ নি। তৌইগুম্বম্নং রাকচীং-কাইরেল থা অনিদি হুমিৎ ৬০ নিদমক থাপালোনগী সক্তমদা ভরিবসি করিগীনো হায়বা রাহং অমা লাকই। রাহং অসিগী পাওথুমদি হুমীৎকী চৈহী অমগী হুমীৎ মসীং ৩৬৫ গা পুং ৬ মিনিট ৪৮ সেকেণ্ড ৪৭ নি অহুনা হুমীৎ ৩৬৫ দগী হেল্লিবা পুং থর অসি কাইরেল থাদা চেন্নরি। হায়বদি— কাইরেল থাগী চৈচৎ ২৯ পুং ৫ মিনিট ৪৮ সেকেণ্ড ৪৭নি, অহুনা শারোই ৬১ হায়না লৌবনি। অহুগা চহি ৪ মুবদা হুংকাং (লিপইয়ার) নোংমা হাপতুনা কাইরেল চৈচৎ ৩০না শাগনি, অহুনা থাপী অমবু হুমিৎ ৬১ নি হায়না লৌবদা ঈপা ঈপুসিংগী খুৎহোৎ ককফম লৈত্রে। পালচা কুমসিঙনা খৃষ্ট ইরাদগী ১৩৯৮ হল্লি। নিংথেম পামহৈবগী মতমদা পালচা কুমসিঙ ৩১০৭, খৃঃ ইরা ১৭০৯ শকাব্দ ১৬৩১ নি।

মীতৈ খুন্নায়না কুপ্পা য়েংশিনবিগদবদি—খৃষ্ট চৈহী হৌখিবা অসি নিংথৌকাবা হুমিৎনি, মীতৈগী পালচা চৈহী হৌখিবনা নোংমাইজিং হুমিৎনি। খৃষ্ট ইরাগী মতুংইন্না চৈহী খুদিংদা মিনিট

১১ সেকেণ্ড ১৩ হেন্না লৌশিন্দুনা পুঙ ৬ হায়না চৈহী ৪ দা লিপ- ইয়ার নো'মা হাপতুনা হুমীৎ ৩৬৬ না চৈহী সাথি অহুনা হেন- জিনখিবা মিনিট, সেকেণ্ড অহুনা নোংমা সাগৎতুনা চৈহী ১০০/ ১০০ দা নো'মা লৌথোকই চহী ৪০০ সুবদদি লৌথোক্তে। হায়বদি-চৈহী ৪০০ মহুংদা হুমীৎ ৩/৩ নি লৌথোই। মসিগী থুংহোৎনা পাবদা খুষ্ট ইরাগী অহৌবা নিংথৌকাবা তাবা ঙমলি। অহুবু চৈহী ৩০০০ হেল্লকপদগী দি থুংহোৎ অসিনা নিংথৌকাবা তাবা ঙমদে। মরমদি মীতৈগী চৈহী ৩০০০ হেল্লকপা অসীদা খুষ্ট ইরাগী থুংহোত্তা চৈহী ৪০০ দা হুমীৎ ৩৩ নি লৌথোক্লগা হোৎতুনা য়েংবদা মীতৈগী চৈহী হৌথিবা নোং- মাইজিং হুমিৎনি হায়বা অহু তাবা ঙমদে। মীতৈগী থুংহোত্তা চৈহী খুদিংগী মিনিট ১১ সেকেণ্ড ১৫ হায়না সেকেণ্ড ২ | ২ হেন্না লৌশিল্লগা হোৎপদা চহী ১২৮ দা নো'মা চপচানা ফাই। মরম অহুনা চৈহী ১২৮ খুদিংগী নোংমা নোংমা লৌথোক্লনি। চৈহী ৪৩,২০০ দা নোংমা চপচানা ফাই। অহুনা চহী ৪৩,২০০ সুবদা মসাগী তাবা হুংকাং নোংমনে, চৈহী খুদিংগী সেকেণ্ড ২ | ২ হেন্না লৌশিনখিবা অহুনা সাগৎলকপা নোংমনে, হুমীৎ ২ নি হাপতুনা ফাইবেল চৈচৎ ৩১ না সাহুনা হুমীৎ ৩৬৭ নিনা চৈহী অমা সাগনি। হায়বদি-চৈহী ৪৩,২০০ সুবদা মচেৎ মকাই তাবা লৈতনা চপ চানরে।

## চহী হৌবা নুমিৎ পুথোকপা

য়াহ'—মীতৈগী চৈচৎ=তাং ১-১-১ হায়না হৌখিবা অসি নো মাইজীং নুমীৎনি। ঙসি পালচা কুমশিঙ ৩৩৭৮ গী লাংবন থাগী চৈচৎ ২২/৯-৩৩৭৮ নি, নুমিৎনা নোংমাইজিংনি মত্তৌ করম্না হোৎলগা চৈহৌখিবা নুমিৎ নোংমাযজিং ভাগদগে ?

পাওখুম:—পালচা ৩৩৭৮ গী য়াকচিং চৈচৎ ৩১

| | | |
|---|---|---|
| ফাইরেল | ,, | ২৯ |
| লমতা | ,, | ৩১ |
| সজিবু | ,, | ৩০ |
| কালেন | ,, | ৩১ |
| ঈঙা | ,, | ৩০ |
| ঈংেন | ,, | ৩১ |
| থবান | ,, | ৩০ |
| লাংবন | ,, | ২২ |
| | | ২৬৫ |

১। পালচা ৩৩৭৭ × ৩৬৫ = ১২৩২৬০৫

২। নুংকাং (লিপইয়াব) ৩৩৭৭ ÷ ৪ = ৮৪৪

১২৩৩৭১৪

৩। চহী ১২৮ থুদিং নোংমা লৌথোকনি

পালচা ৩৩৭৮ ÷ ১২৮ = (—) ২৬

১২৩৩৬৮৮

৪। ৭ ) ১২৩৩৬৬৮৮

১৭৬২৪১—১ নোংমায়জিং

নোংমায়—নিংথৌ—লৈপাক—য়ুমস—সগোন - ঈরাই—খাঙজ

১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬ ০

খঙবীগদবা—মীতৈগী কুমসিঙ হৌখিবা ঋগৎপা মতমদা খাঙজ নুমিৎ তারবদি ফুন=জেরো ( ০ ) লেমগনি ।

খৃষ্ট ইরা হৌখিবা নুমিৎ পুথোকপা

রাহৎ - খৃষ্ট ইরাগী তাং ১ | ১ | ১ হায়না হৌখিবা অসি নিংথৌকাবনি। ঙসি খৃষ্ট ১৯৮০ গী তাং ২২ | ৯ | ৮০ নি, নুমীৎনা নিংথৌকাবনি। মতৌ করম্না হোৎলগা চহী হৌখিবা নুমীৎ নিংথৌকাবা তাগদগে ?

| | | |
|---|---|---|
| পাওথুম — খৃঃ ১৯৮০ গী | জানুয়ারী | ৩১ |
| | ফেব্রুয়ারী | ২৯ |
| | মার্চ্চ | ৩১ |
| | এ'প্রেল | ৩০ |
| | মে | ৩১ |
| | জুন | ৩০ |
| | জুলাই | ৩১ |
| | আগষ্ট | ৩১ |
| | সেপ্টেম্বর | ২২ |
| | | ২৬৬ |

২৬৬

১। খুঃ ১৯৭৯ X ৩৬৫ = ৭২২৩৩৫

২। লিপইয়ার ১৯৭৯ ÷ ৪ = ৪৯৪

৩। চহী ৪০০ দা হুমীৎ হুম্নি লৌ— ৭২৩০৯৫

থোক্কনি। ১৯০৯।।৪০০ = (—) ১৫

৭২৩০৮০

৪। চহী হৌখিবা হুমীৎ পুখোকপা ৭ ) ৭২৩০০০

১০৩২৯১—১ নিংথৌকাবা

নোংমায়—নিংথৌ—লৈপাক—য়ুমসা—সকোন—ইরাই—থাঙজ

০ ১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬

থঙবীগদবা-খুঃ ইরা হৌখিবা হুমীৎ থিগৎপদা নোংমায়জিং হুমিত্তা তারবদি ফুন—জেরো ( ০ ) লেমগনি।

# থা ১২ গী মমিং

১। রাকচীঙ—থৌরায় মিলেল হনবা মপুনা তাইবঙ নৌরা অমা মিতমলগে হায়না পা ওঃবগী য়াইবী ঈলিকপু রাকোন্দা (কোক) চিংখৎতুনা থম্বা লোইদাম থাজ মাগী মমিংবু 'লোয়দ.ম রাকচীং থা কৌয়ে। পাল্লোমদস্থ কুমগী নোং চিংখৎতুনা রাকচীং থাদা তায়ে।

২। ফাইরেল-রাকোন্দা চিংখৎখিবা য়াইবী ঈলিক অহুদা থৌরায় মিলেল হনবা মপুনা ফম্বাল্ লাংতুনা রাকোন্দগী কুমথরক্লগা পা

ওইবগী মীৎ নহাদা থোৱকতুনা নমু মীগী মসক ওইনা মীৎ নহা অনি লোঙতুনা কোইলো হুমীৎ ৫ নি ফাইতুনা লৈব লোয়দাম থাজ মাগী মমিংবু লোয়দাম ফাইরেল থা' কৌয়ে। পাল্লোমদস্থু ফাইরেল থাদা লৈচিন-নোংফাই ওইনা নোং ফাইতুনা লৈ। অতুগা নোং থোংতুনা কুম তম্মী।

৩। লমতা-পা ওইবগী মীৎ নহাদা নমু মীগী মসক ওইনা কোয়লো হুমীৎ ৫ নি ফাইতুনা লৈরম্বা নৌরা মরু অতু, পলেম ওইবীগী লৈহাও লৈবা লমগী মসক ওইবী নৌবীফমদা নৌরা মরু তাখিবা থাজ মাগী মসিংবু "লোয়দাম লমতা থা" কৌয়ে। পাল্লেমদস্থু লমতা থাদা নোং চুতুনা কুমগী মহয় মরোং পুম্নমক্কী হী পীবা থানে। লমতা থাদা নোং চুত্রবদি কুম অতুগী মহয় মরোং চুমদে। মরম অতুনা লমতা থাগী থানিন হুমীত্তা নোং লাওবা থৌরম তৌনরিবনি।

৪। সাচিফু— লমতা তাদা তাখিবা নৌরা মরু অতুদি ঈলিক কোংঙোলগী মমক্লি। অতুগুম্বা ঈলিক কো'গোলগী মসক ওইবা নৌরা মরু অতুনা সা (হকচাং) অমা ওইনবগীদমক চিশিল্লকতুনা ফু (মতুম) অমা ওইরকপা লোয়দাম থাজ মাগী মমিংবু "লোয়দাম সাজিফু" থা কৌয়ে। পল্লোমদস্থু মালেম লৈসা অসি ফু অমা মান্না লৈবা থানে।

৫। কাল্লেল-ফু অমগী মসক ওইনা লৈরম্বা নৌরা মরু অতুবু কয়াৎকী কা ৬ থোক্লা য়াথোকতুনা তাইবঙ সক্তম সেন্না থানি ছায়বগী লোয়দাম থাজ মাগী মমিংবু 'লোয়দাম কালেল থা" কৌয়ে। পোল্লোমদস্থু খোজং-খুংকং থা ওইতুনা মালেমগী কায়ৎ মপুঙ কান্না লৈবা থানে।

৬। ঈঙা—পলেমগী পিবুক হুঙদা লৈরিবা নৌরা অতুনা পলেমগী খোঙকাপ ঈদা ঙাতুনা চাকচা ওইনবা লোয়দাম থাজ মাগী মমিংবু "লোযদাম ইঙা থা" কৌয়ে। পাল্লোমদস্তু ঈঙা থাগী নোংলেল হীবু মালেমদা চুপশিনবা থানে।

৭। ঈয়েল (ঈঙেল – পলেমগী পিবুকহুঙদা লৈরিবা নরা অতুনা পলেমগী খোঙকাপ ঈ চাখিবা অতুনা লু-তোং, সিংলি-নৌরি পোকতুনা নৌরা মহকচাংদা ঈ চেল্লে। ঈনা সেম্বা লু-তোং, সিংলি নৌরিসিং অতুবু ঈগী য়েন্দগী পোকপনি হায়বগী লোয়-দাম থাজ মাগী মমিংবু 'লোয়দাম ঈয়েল (ঈঙেল) থা কৌয়ে। পাল্লোমস্তু নাপী-সিঙবী, মহয় মরোং পুম্নমক মহৌ মকা লাম্না হোবা থানে।

৮। থৌরায় (থৌরান)—পলেম পিবুকহুংদা লৈরিবা নরা অতুগী মহকচাংদা ঈ চেল্লবনা ঈগী ঈচেন্না হোখাই থিংখাইতুনা নৌরাগী খোঙলোন ৯ মক কাওরে, নিংসা হোল্লে। অস্তুমনা নৌরানা নিংসা হোলববু থৌরায় লৈরে হায়বগী লোইদাম থাজ মাগী মমিংবু 'লোয়দাম থৌরান থা ' কৌয়ে। পাল্লোমদস্তু মহয় মরোং ফৌনচিংবনা মথৌরায় স্তুনা মহৌ মকা লামনা হোবা থানে।

৯। লাংপা (লাংবল)—পলেম পিবুকহুঙদা লৈরিবা নৌরা অঙাঙনা নিংসা হোল্লবনা অরাম-খৌরাংবা পোক্লক্লে। নৌরা অঙাঙনা মপুক লামতুনা মপুক্লিং লাংবা থানি হায়বগী লোয়দাম থাজ মাগী মমিংবু 'লোয়দাম ল্যাংপা থা' কৌয়ে। পল্লোমদস্তু ঙাইবঙ থৌরায় ওইবা ফৌনচিংবা মহয়-মরোং কয়ানা লাংপা ঈখোম ঙাইহুনা লৈবা থানে।

১০। মেন্ত্রা (মেরা)—পলেম পিবুকহুঙগী নৌরা অঙাংনা অরাম-খৌরাংবনা মপুক্সিং লাংলক্লবদা,—ভাইবঙ পাল্লবা মপু সিদবগী খৌজাম্না পলেমনা চাবা চাঁঙাকী মহাও মচুমবু নৌরা অঙাংগী খোয়রী নৌফমদা মলিক মলিক তারকতুনা খোয়না চাকচা ওইহুনা নৌরা চফম ফারে। নৌরা অঙাঙনা মপুক্সিং লাংলম্ববু মপুক চফম ফারহুনা নৌরা পুক্সিং মেন তারে হায়বগী লোয়দাম থাজ মাগী মমিংবু 'লোয়দাম মেন্ত্রা থা' কৌয়ে। নৌরা অঙ ঙনা মপুক্সিং মেন তারহুনা পলেম পিবুকহুঙদা চোংনা ফম্না সান্নজরে। মসিবু মেন্ত্রা হৌচোংবা কৌয়ে। পাল্লোমদম্মু ফৌওইবী লাই-রেম্বীনা লাংপা ঈখোম ফ জরহুনা তৌরাংপাল সানা সাংকাই-হুনা মোমোন নোকচরক্লে। হুঙসিংকী ঈপোম থুদিংদা হাইনা হুমনা জগোই সাজরে। ফৌওইবীনা মবুক হরাওজবা থানে।

১১। হীয়াঙকৈ—পলেম পিবুকহুঙদা লৈম্নিবা নৌরা অঙাঙনা ভাইবং চিঙ্গাক ফংজরবদা হী পোকতুনা হী অহুনা নৌরাগী য়াঙদা কাখিহনা রাকোন (কোক) কৈদা ভাইবঙ লৌসিং পৈহুনা থম্বা থানি হায়বগী "লোয়দাম হীয়াঙকৈ থা" কৌরে। পাল্লোমদম্মু ভাইবঙ থৌরাই ওইবা ফৌনা লাংপা ঈখোমগী হী ফংজহুনা মচেঙ চঙহুনা খোয়ঙাং সাবা থানে।

১২। পোইন্থু—পলেম পিবুকহুঙগী নৌরা অঙাঙনা ভাইবং লৌসিং ফংলবনা পলেম পিবুকহুঙদা লৈবা য়ারকত্রহুনা লু-নৌ ওহ্নরক্লে, পলেমগী হু (সেক্ম) দা পোইথোরকতুনা লাংওন ফাওরকপা লোয়-দাম থাজ মাগী মমিংবু 'লোয়দাম পোইন্থু থা' কৌয়ে। পাল্লোমদম্মু মালেমগী হুদগী পোক্লকপা নোইমিং ফৌবু মীওইবনা লৌশিনবা থানে। অম্মুম ভৌনা মীতৈনা পলেম পম্মৌ অনিদা লাকয়েন ফিয়ানবা থা ১২ গী মমিংদগী লৌহুনা থাগী মমিং খোনখি। থাগী মমিঙ থীবম্মু রাকচীং থাদগী হৌনা থীরগা পোইন্থু থাদা লোই।





১। পোইন্থু চৈচৎ ২২ খুরাইদগী সাঙবা অহিং, ২। ঈঙা চৈচৎ ২১ খুরাইদগী সাঙবা নুংথিল, ৩। লমতা চৈচৎ ২১ অমসুং ৪। লাংবল চৈচৎ ২৩ অহিং নুংথিল মান্নবা—নুমিৎ ওই। মীতৈগী নুংকাং (লিপইয়ার) লৈবা চহীদা মথক্কী মহুৎতা ১। পোইন্থু চৈচৎ ২১, ২। ঈঙা চৈচৎ ২০, ৩। লমতা চৈৎ ২০ অমসুং ৪। লাংবল চৈচৎ ২২ ওইগনি।

খুৎসা অ'তদগী হৌদ্রগা খুৎনিংথোদগী হৌবগী মরমদি খুৎনিংথোনা খুৎকী নিংথোনি, ব্লাকচীঙ থানা থাশিংগী মকোকনি।

খুৎসাশিংদা খুদিনা থাসি মায়কৈ পুথোকপা